# অপাইবা থবায়

থাংজম ইবোপিশক

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
ইম্ফাল।

# অপাইবা থবায়

থাংজম ইবোপিশক

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
ইম্ফাল।

ফোঙবা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

নম্বা দি নারায়ণ প্রিন্টিং ৱার্কস
নাগ মপাল, ইম্ফাল।

থুংনম অহানবা থুংনম, নবেম্বর ১৯৬৯ইং
লাইরীক মশীং ১০০০ ( লীশিং অমা
মমল লুপা ২ (অনী)
ফংফম থোকপা পূন্নমক সমিতিগীনি।
ইম্ফালগী লাইরীক য়োনবা তুকান অয়াম্বা অমদি
সমিতিগী আফিসতা ফংবিগনি।

---

লাইরীক মথুম পুখোকপা ইবোপিশক
লাই য়েক্কপিবা চিত্রেশ্বর শর্ম্মা
লাইরীকময়েক্কী শরূক য়েকপিবা
এন, কুমার সিংহ
ব্লোক শাবা
এতোম ব্রদরস এণ্ড কোং
ৱাংখৈ, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরা

রোমান্টিসিজমগী অয়োবা কল্পনাগী জগৎতু ছন্দোক্তুনা হৌজিক্কী মতমগী কবিশিংনা রিএলিষ্টিকক্কী থম থেংবা মীয়েংদা নোংম নোংমগী লৈশিল্লক্লি। সমাজগী অমোৎপা, অকায়বা, অতোইব-শিংগী মায়কৈদগী য়েংলবস্থ নত্রগা য়েংবু য়েংত্রবস্ত হৌজিক্কী মতমদা সাহিত্যগী অনৌবা য়াওন অমদি চাউনা ওনখ্রে হায়বসি শেংলবনি।

অমুম্না মণিপুরী সাহিত্যগী লমজিংদস্থ মণিপুরগী অইব-শিংনা মশাগী পুক্কে চাউখৎহনবতা নত্তুনা হৌজিক্কী সমাজবুস্থ ময়েক শেংনা তাক্কবা হোৎনরক্লি।

মতাং অসিদা সমিতিনা পুথোকখিবা "পুন্সি-মূর্ত্তি", "লৈচিল্লক্কী থজ" ( রারী মচা চবুনগী লাইরীক অনী ) অমশুং "লাই অমগী বিন্দু" ( শৈরেং চবুন ) লাইরীকশিং অসিমক মণি-পুরী সাহিত্যদদি পূমনৌ নৌরবা মথেল অমনি।

মসিগা লোয়ননা সমিতিনা নৌনা পুথোকচরিবা শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহনা ইবা "অপাইবা থরায়" কৌবা কবিতাগী লাইরীক অসিস্থ অনৌবা য়াওন অসিদদি চপচানা চূশীন্নরবা শৈরেংগী লাইরীক অমনি হায়বা য়াই।

লেখক অসিগী তোপ-তোপ্পা পুন্সীদি, পুন্সীদগী নাম্বোক্তুনা হিংবা নত্তে। পুন্সীগী মনুং ছুৎনা চঙতুনা পুন্সীগী মহাউ অত্থমক চুপ্পবা হোৎনবনি।

৺হৌজিক্কী সমাজদি মহাউ কল্লবা হন্থরবা য়ুম্ফম অমথক্তা হোংজিনগ্রবনি। অহীং খুদিংমক্কী মীৎকপ খোরকপদা, পুন্সীগী ময়াই কারম্লবা মী লীশিং লীশিং অসি নোংম নোংমগী শেংম্বরকই হায়বসে ঐখোয় খুদিংমক ওনশিন্নহুনা হংনরবা রাফম্নি।

শ্রীইবোপিশক সিংহস্থ মহুনা কোয়শিমবা অমম্বা পল্ল মম্বুংদা লাউ থোংহুনা হিংবা তম্লক্লিবা য়াম্না নহা ওইরিবা লেখক অমনি।

শ্রীইবোপিশক সিংহ হৌজিকমক দি, এম, কলেজদা প্রি ইউনিভরসিটি তম্রি। ঙাংথৈ থাংজম নৈকায়দা পোক্কপনি। হৌজিক মক্কম অসিদা লৈরি।

ওসিমক মণিপুরী সমাজদা মপাল থোক্কুনা থুগুুনা চেনবা হৌরক্লিবা অহোংবা অচৌবা ঈচেল অমা, মহা ওইরিবা লেখক অসিনা মপাল থোক্না পুথোক্কুনা নাকোং কয়াদা য়োঁহন্নবা হোৎনরক্লি। মসিমক মণিপুরী সাহিত্যদা লেখক অসিগী অচৌবা দান অমনি হায়দবা ওমদে।

করিগুম্বা ভাবনা শাবা মূর্ত্তি অমা ইমাওদা ঙাহৈনা য়েক্কুনা তাকপা হায়বসিমকসু থোইবা লায়বা নত্তে। মাংকৈ অসিদসু শ্রীইবোপিশক সিংহদি খরমথৈ মহৈ য়াল্লবনি।

অসিগুম্বা লাইরীক অসি পুথোকপদা অঙাবা শরুক কয়া লৌবিখিবা নারায়ন প্রিন্টিং ৱার্কসপু সমিতিগী মায়কৈদগী শীংথা-নদবা ওমদে। লোয়নবা লাইরীক অসি ফোঙননবগী দমক্তা ওইনা মণিপুর সরকারনা শেল থুমগী মায়কৈদা তেংবাংবিরকপগী-দমক্তসু সমিতিনা তৌবিমল খঙবা উংচরি।

অরোইবদা লাইরীক অসিবু মমল অমত্তা লৌদনা ফোঙন-বগীদমক লাইরীকী স্বত পুম্বা লাম্থোকপিরক্লিবা শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ লেখকপুসু ঐনা সমিতিগী মায়কৈদগী থোই-দোক হেন্দোক্না থাগৎচরি।

শ্রীটি এইচ, ইবোহল সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরি,
নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি।

ইম্ফাল
২২ নবেম্বর, ১৯৬৯ ইং।

# 'দষ্টবিন' অমগী ৱারী

কোইলাস — দ্রম তংখায় অমগী মপোক্তা
ঐহাক
'দষ্টবিন' অমনি ।
পৃথিবীবু কোকথোং নাত্নুনা
অপুম্বা কোকথোং—
ঐগী পুক্সী
মথীবোঙ লাওথ্র লাওথ্ররশিংগী
পান্ন কোদাং
য়ুগী অওবা ;
অশেপ্পা চরিত্র ময়াম
ফৈরেং তুরেংনা থেংগায়নবগী
অমাংবা
চেথী চেকূপ চেকুপ ;
অঙ ! নোংমদি শোয়রোই
নোংমদি শোয়রোই—
ফাক লাউনা পোকথায়রক্কনি
ঐহাক্কী

খাঙবা ৱারবা থবাকসে
শেং চেংখায়গনা !

নীংশিংলি
উরি—
অম তংখায় ঐগী থরদং ঙায়রবসু
লৈবাক্তা
হৌরমই
ঙৌদ ঙৌবী কবোকলৈগী চারা অমত্তুংদসু ;
ইমীংসি পাঙথোকচনা
য়েংজরমই সংসারবু মিতাজ্জনা।
অহবু— ও !
লৈপোম তম্নকলবদা নোংমা
ইথম্মোয়দা য়োংপাক্লা
শেগাক থায়থরক্লগা
লাক্তুনা ফূক্তোকখি !
করিদি লৈরুনি উপাই ?
শীন্থখিবা পি
মরীক্তু
বিলামাতিগী মুংশা শারবা লৈমায়না
থক কংহনখি। অহুদগীদি

মুশূক মুবা ঙনোয়নবা মীনায় নূপাম্বনা
থাক্লা নোক্লগা
'দষ্ট' মপৈ মপৈ
মপৈ মপৈ ···।

# নীংখায়রবা মূর্ত্তি

ঙরাং অহিঙ মখোল অমা তায়
শেগাক কীহ্নখিবগী
নাকোংদা নূংথংনা য়ৈশিনখি!
খা-ম্নাং ফৈরেংননা চিংথেকখিবা
নীংখায়রকপগী খূৎচাউ অতুনা
য়ুহাহাবদা
কুইনা মন্দুনা লৈরক্লবা খ্বাইরমবন্দ বাজারগী
ভাগ্যচন্দ্রগী নূংগী মূর্ত্তি তুখিবনি।
রাজর্ষিগী ঙক তেক্তুনা
লূহূপ কোম্নবা কোক
লৈমায়থক্তা কেল্লম্নই।

মী শঙ্গু শঙ্গু চৎখি
মায়গৈ কয়াদগী
মীৎয়েং চোইদে তথক্লবা থম্মোয়গী
রেসন সোণ্ডা
ঐগীনা হান্না ঐগীনা হান্না

নুংশাদা ফীঙৌ কৌরৈ ।

চাদবনা তৎলবা ফিজেৎকী ইকাইবা নমহৎলবা
মৈতৈ প্রজা
নীংথায়রবা মল্লবা কংলাগী
চোকতেক চোক্পনি তোইরবা থরায়গী ।

অসোমদা

কনাস্থু হন্না য়েংলদে তুমীৎফাও তুবৎ পাইরদে
কেল্লবা মকোক
লৈমায় থক্তা তারমই ।
অথাপ্পদা কাঙ্কিপুরগী কোম্লুং অমনবা
মুশূক মুশিন্না উরমই
লৈচিন অরাউবা মরক্তা ।

৬

# হে পুন্সী

চাউরবা রোল্লর
য়োৎনা শাবা ইঙ্গিনগী
লাউ খোংলবা খোজেল—
অসুম অসুম থৌজিল্লকই
অসুম অসুম থৌজিল্লকই
অসুম অসুম।

নোংমা
মীৎকূপ অমত্তং—
ইশানা ইশাবু খঙজদে
হিংবা হায়বদি লা-লি-ল-লাগী
মোন্দা মুংঙাইনা ঈশৈ ঙংবনি
হুই খোংহুনা শান্নবনি।

অহুবু
অহুবু ওন্থোক্লা তমথী !
হৌরবা লাল্লাউ অমগা লোয়নবা

নঙস্থু নূপানি
ঙমগদবনি লাম্মী অমগী থৌদাং হায়রুনা
ইখঙ খঙহৌদনা
লেংজুনদা শৎ কোনশিনথি !
মিহুন্দ ঙায়রিবা ইপাম্বোম
থম্মোয় অয়াকপা তংত্রিবা ইথম্মোয়—
নঙস্থু নূপানি ঙমগদবনি লাম্মী অমগী থৌদাং
হায়রুনা
য়োৎনা শাবা ইঙ্গিনগী
লাউ খোংলবা খোঞ্জেল—

অস্থুম অস্থুম থৌজিল্লকই
অস্থুম অস্থুম থৌজিল্লকই
অস্থুম অস্থুম ।

# ফুট পাঠ

হন্দক্তা শেম্বা ফুট-পাঠ অমা
বোকুল পাম্বী সরী অমগী
চহীগী দাগকম চারবা
চেংখায়রবা খোঙ অহু ননশিনবিরমই
থম্মোয় পান্দবা
চাউখংপা পাম্বা নুংশুবশিংনা।
            ভাঙলৈনরবা হুমিদাংল্লাইদা
অতিয়াগী চীনবাম্না
খোয়রুম মীনোক নোক্রকলবদা
বোকুল পাম্বী সরীগী
বোকুল লৈরাং
চোইজায়ননা কেল্লমই
ফুট-পাঠতুগী মথক্তা।
ইভিনিং ব্লাকিং লাকপা
            ঈরাং থাংবা শাবী শানৌশিংনা
মহূগী মথক্তা নেং নেংতুনা চংথি
নান থাবা সউন খোঙচুপ্পা

ভুংশি হৈতনা ।

নূং হৈবা ফুট-পাঠ

মাগী থবাক্তা পৎলিবা

মহী তারবা বোকুল লৈরাংশিংদা

মুনা য়েংশিল্লি

অহংগা হকাম ফূইনা চল্লকই

হৈনীংদবা মুংশা স্বরদা ।

# হয়িংখোয়াম্বী

অমাংবনা থল্লবা প্যেলা অমদা তোংলহনা
হয়িংখোয়াম্বী অমনা থল্লি—
গোবিন্দদি উকংনা শাবনি
মাগী অশেম্বা মচুতনা
মাবু 'মা' ওইনা উহনবনি।
অহুগা যীশু !
বিজ্ঞানগী খোঙচৎনা 'গ্লোব'পু
মেছিন ওলহল্লবদা
ক্রোসতা য়াল্লিবা অতুম্বা নঙনা
করিবু উৎলিবা ?
'অচুম্বা' হায়বসি চেপ্পী লৈনি
ঙরাং—অচুম্বগী মাহৈ অমথক্কা
পুন্সীগী নামৎপুম্বা ফংহনখিদে।
—অহুদগী অমোমহুগী
অমাংবা মকূপ মকূপ তৈরবা মশা শাগন অনীদা
তেথনা তোংলহদা
মীৎকূপ অমত্তং পঙথখি !

পৃথিবী খোঙচৎ লেপথ্রে !

সৌরজগৎ

ফজরবা থম্বাল চামনীপালদা শাৎকায়রকই !

—অহুদগী পঙথরুবা হয়িংন্ত

মথা তানা থল্লকই—

মানি

যুগ কয়াসিগী লেপত্রবা রাহংগী পাট্টথুম

নেশা পাল্লবা মীৎকুপ্ত পুন্সীনি।

# য়োংজাউ অমগী ৱারী

নোংলহনবিয়ু ইকোকসি
নথোঙ থূয়া উকৃলদা
অসিনি প্রার্থনা মবুংঙোদা
যুগ অসিগী য়োংজাউ অমগী।
মবুংঙোনা শিকার তম্বি
অতুঙৈ চৈশূপ-রায়েল চংনবগী
নিংথৌ মনাই অথোবা।
শিংথ্রবা য়োংজাউনি
তম্বিবনা খজিক্তা
মহাক্না হৈজবনা অয়াম্বা।
নূং চনবা শায়োকশঙতুগী
অপীকপা শা পূম্নমক
মাগী থৌরবা থূংজীল
থৌরবা য়াগী য়াখ্বাদা
ক্রে ক্রে হাইনা থাঙলমই।
য়োংজাউশু জেণ্টনি
সভ্যতাগী মূর্ত্তি

তাই পুল্লি আনোক উপ্পি
ফজরে ! মীদ মী হেক মাল্লি ।

নোংমদি
তম্বিরকপা মবুংঙোগী মথক্তা
'মপ্' শাবা শাজং চৎলুই
হাই হুম্না য়োংজাউহ্ ।
শাউরবা মবুংঙোনা
লীচৈ তনলো লোহ্না
য়োংজাউগী য়াঙলেন্দা ঠৈথরকই !
মী মানবা য়োং
খোংলকপদদি য়োংগী য়োংখোংনি ।

## 'মী' হায়বসি কনানো

ঐ কনানো
ঐ কদায়দা লৈরি ?
রাখল তোবা হৈরকপদগী
ঙসিফাওবদা
অহাঙবদস্সু থবক্কী মতমদসু
তোয়না ইতোমদা হুংজরক্লি।
মিংশেলদা য়েংই ইশক
উই,
ইথূংনা নাল্লি ইশাগী মফম শীনবা থুংনা।
থম্মোয় থম্মোয় ঐগী থম্মোয়
মমুংদা চঙই
ইদোম রাখলনা লূপ্তুনা থিজে
অহুবু পন্থুংদি
রাহঙ রাহঙ
ঐ কনানোগী লোইবা নাইত্রবা রাহঙ !

অচুম্বগী গুণ থঙই

ঈশ্বর— অচুম্বা অক্ষরগী শায়োন্নি।

থৌনা পাঙ্গল কথোকপা
হে অচুম্বগী শংশঙবা মুর্ত্তি!
নখোয়গী নাক্ত ঐ লৈরি
ঐ লেপ্লি,
নখোয়গী ঈশৈ নাপ্পদা ঙংলরি
ঐ তায় ;
অহবু থম্মোয় ঐগী থম্মোয়
মন্নুংদা চঙই
মনম য়াউদবা অশেম্বা চেগী লৈনা
মীৎলমদা পর্দা খন্থরকই,
ঙৈহাক্কী ওইবা হুংশিফম খঙদবা ঈশৈগী সুরনা
তুংওইননা কৌরকই
কৌরকই কৌরকই ঐবু তুংওইনা কৌরকই।

নোংমা অয়ুক অমা
য়ুগ অসিগী
মীয়াম্মা নিল্লবা সহরগী ময়ায়দা
লেপ্লুনা
লাউই পুন্নমক তানবা
কনানো ঐ কনানো ?

ঐ কদায়দা লৈরি ?

ইনক নক্না পাউথুম লাকই
নঙ মীনি নঙ মীনি
ঐস্থু মীনি ঐখোয় মীনি
মী হায়বদো 'মী'
নখাবু খঙজত্রবরা কৈনোনে।
লোইনা খোইরুম মীনোক নোক্নৈ
মোত মান্নরে হায়বগী য়ান্নবা ফোঙদোকই
ঐতনা জ্ঞান মম্না হল্লকই।

ঐ কনানো
ঐ কদায়দা লৈরি ?
ব্লাহঙ ব্লাহঙ
অমুকস্থু ব্লাহঙ।
ইদোম থম্মোয়দা লুপ্তুনা থিজৈ।
মী— মী হায়বা
মখোঙ পানবা মমীৎ পানবা
ব্লাথল থনবা ঙম্বা।
শা— শা হায়বা
অহুস্থু মীগুম্না মখোঙ পানবা

মমীং পানবা
রাখলদি য়াওদবা ।
নুং, য়োংতেক থাঙতেক
ঊ-রা ।
অসিসু অসুম অসিসু অসুম
মীবু মী শাবু শা
নুংবু নুং ।
ইত্তোমদা চময়বা রাখলনা লাকহৎলক্কই
খনবা হেক হেক ঙম্নকতে ।

য়ানীংদে য়ানীংদে
ঐদি মসি য়ানীংদে
চেপী লৈ লৈনম য়াওদবা
অহিংবা লৈগা খেন্নররোইদ্রা ?
অয়েকপা অয়েকপা মীগা চপ মান্নবা য়েকপা
নোংমতা মথোঙ পান্দুনা চৎখিদে ।
অসিনি অসিনি
নোংমতা মথোঙ পান্দুনা চৎখিদে ।

অতুবু লাউরক্লি মখোয়নশি
নঙসু মীনি ঐসু মীনি
ঐখোয় মীনি
মী মী—মী হায়বদো ‘মী’।

# খোঙচৎ

পাউনা রোডকী সোরোক লৈমায়না
থল্লকই—
করিদা হায়রিবা 'গ্লোব'পু পুং কুম্নরিদা
অমুক্তং পুমলৈলৈ হায়বদি ?
হরাগাড়ী মোতোর সাইকল একাগাড়ী
( মীশু গাড়ী )
থৌরি য়াঙনা অরেপ্পা খোঙজেল রাংমদা ;
হৌজিকী গাড়ীদি লোইনমক জেট প্লেননি
অহৃগা পুন্সীনা
জেট্রুনা পুরিবা পাইলোটনি ।
( হৌজিক্তা ওইরবা অঙৌবা ক্ষু
খঙহৌদে শং মীৎকুপ অমগী তুংদা অমুবা । )

সোরোকী নাকচী অমদা
ঈশৈ শক্লি মুচি নহা অমনা
কীন্থরবা খোঞ্জেলদা ;
থাবর রালাগীসু থাবর থাবর

মী পুনবা মফমদা।
সেনেমা হোলগী ইনিল
পাৱার হাউসকী নিল্লবা ইঞ্জিন।
পাউনা রোডকী কোইলাস লৈমায়না
থল্লি—
বিন্দু ময়ামগী অমুক্তা বিন্দু ময়াম
বিন্দু অমদগী বিন্দু অমা বিন্দু অমদগী
বিন্দু অমা
মতুনা পুন্সী অমা চোংথোরকপা পুনশিন্নদনা ;
ফেৎ ফেৎ হাইবা
হীরম থুদিঙ অমত্তসু থক মরা তাশিন্দবা।
অতুদি করিদি খেন্নে
লৈমায়সিদা পক্লিবা উফুল মরীক ময়ামসিগা
তিন্নদবা ময়ামসিগা ?

নম্বুল তুরেল খোঙহুংদগী নমথীবা হুংশীৎনা
সহর মমুংদা শীৎলকই,
কথুলোংগী হুইখোল
পুনখি মীনিলগী আতিয়াদা।
মায়গৈ খঙহোদে!

অমুক্তং শাথীনা ছন্নকই নোংলৈ
সহর লৈমায়গী উফুল ময়াম
ফুগংখি মম্না অতিয়াদা
লম্বী চৎপা
বিন্দু ময়ামগী পুন্সী ময়ামস্তু মতুদা
নাখাঙ শূকই বুদ্ধি মম্না থাঙহনা।
পাউনা রোডকী সোয়োক লৈমায়না
থল্লকই—
করিদা হায়রিবা 'গ্লোব'পু পুং কুন্মরিদা
অমুক্তং পূমলৈলৈ হায়বদি?

# শিবা

ঐদি তুম্নীংদে
'তুম্ব' বু কি
তুম্নিবা পুংজা তুমা
শিবগা পাংখক্নি
অত্তবু— তুম্নীংবা
লাকই ; তুম্নীংবনা পঙথরতুনা
ফম্মুঙদা পোপ তাই ।
পামজদবা মীৎকুপ্তো
রাখল থনবা ঙস্মুত্রে
থন্দ থন্দ
তুম্নমই ঐ ।

ঙসিদি— তুংশা থীত্রে
শিবগীদমক রারুত্রে ।

# সিকার

চন্নী তৎলবা চকম লক্ষা লক্ষাগী
রান্নবা নূপী অঙাং— ইজাতিগী প্রেমগী
মীওইবা শাগৈগী নীংতম্বগী
মরুভুমীগী পূক্নুংদা ফুজীনবা তারি
সমুদ্র ঈরোন্নুংদা চোংশীনবা তারি
হো—হো খা অথোবশা !

চাউরবা থুবামহন্না য়ৈশিনবদা
কাও অহু পাকথি ফৈরকগা পান্নবা

ওঃ পুন্সী—ওঃ
ওঃ পুন্সী মীংকুপ অমত্তগী ।

# মণ্ডলৈবাক

## ১ চাক নিংথৌ

ঐথোয় হোতেলগী লুথাক কোমদা,
পুন্নবা চাক চদুম অনীনা
রারী শারমই ।
ঐহাক নিংথৌনি অহানবা চদুম্না
ঐহাক্না রানীনি অনিশুবা চদূম্না
মানি ইবানী সনা লৈবাক মণিপুরগী
সনাগী তাণ্ডবলদা ভান্থোইরিবনি।
মথোয়নীগী মতৌহ্ উবদা
হৌজিক্তা থিদোক্রিবা
তেবলদা
মনিল রা কারিবা
নীংথিরবা চাকলুক বাবুশিংনা হানবহুনা
তথি তথিনা চৈরকই পাপীগী মচাশা
মচোঙপাক কয়াদা নাইথিব্রবনো !

## ২ ভগবানগী মনাই

মঙক্তা শোরিনা
থিন্দংলু
অতুগা ঈথেং থক্তোকউ
য়াম্না হাউবনি !
নত্তে ঐদি
মীওইবা দেবতানি
ভগবানগী মনাইনি
ভুৎ ! ভুৎ ! নরৈ চীকপা ম্না ভাঙগদ্রু ভুৎ !
নমায়দা পাম্নকোদাং শঙজিল্লু
নমীৎতা তেঙ্গালি
তৈশিল্লু
শ্রীনারায়ন শ্রীনারায়ন
নমৈ পাল্লু নঙ শ্রীনারায়ন নঙ !
নত্তে ঐদি মীওইবা দেবতানি
ভগবানগী মনাইনি ।

# পাইলোট

জেট প্লেন
আকাশতা হুইস হুইস
অহুগা ঐগীসু পুন্সী
হুইস হুইস !
মানি ঐসু মতমসিগী মীনি
ঐগী রারীসু
মতমসিগী রারীনি ।

আতর গোলাপ
মচু কুরাক
চুমথাঙগী মীৎলৈ তরেৎকী লীলা
মহুনা কবিগী কবিতাগীনি ।
ঐগী পুন্সীদি
অঙাং অমগী শিল্লেট্টা
কাঙগ্রগী খোরি খোরিবা
কুকথোক ককশিন অংকপী
খোরি খোরিবা !



জেট প্লেন
আকাশতা হুইস হুইস
লৈচিনগী মপৈ, মপৈ মপৈ—
পাইলোট্টুগী ঈগী হুমাং
কোক্তা মৈগী মৈরীক মৈরীক!
পুন্সীবু মথক মখা
লৈনা লৈনা ওল্লি ঐগীসু—
চৎলি য়াম্না শাংনা
চিথেক কোনা
লৱায় লমগী কাংকৃক কাংকৃক।
নুং হৈবা অমাংশঙগী
অমাংবা অপুম্বা মরক্তা
হয়িংথোয়াম্বী মরূম থুরমই—
পুন্সীগী মরূম
মরূম মরূম।
অপাম্বগী লাম্দা
পেন্দবগী ভুৎ চুবনা।
হৌজিক্তি ঐগীসু ইপুন্সী
কোজাক ফারে—
মতু চোম্লবা ইথৱায়



অমাংমা মকুপ মরক্কা
মরাম মরাম
মরাম মরাম—
শিলেটা খোরি
খোরি খোরি।

# ঐগী দাইরী

"অচুম্বগীদমক থরায় থাগনি"
অসিনি ঐনা লাউরিবনা
অহুবু ইরম্বদি "অয়ানবা লীচৎকী
মোৎলবা ঈনা ঐগী শিংলী থূন্নবনি।"
ঐহাক পাওদে অহুবু
পুন্সীগী দাইরীবুদি মীনমদে
অসিনি চাউথোকচনীংঙাই অমত্তুংদি।
অমুকস্তু লৈরমই পরেং থরা
স্মৃতিগী নুংদা অমুবা ময়েক্লি
"নূপী হায়ববু ইমানি
মীনা শাদগী তোপ্পদি
ফজবা লমচৎ অমস্তুং মীতুংশিগীনি।"
অহুবু থামম্বা অহিঙগী নমথী-হাঙাই
তুংশীৎনা সাক্ষীনি;
নোংমা ঐহাক কামগী পেন্নবা থিবদা
থরান থাগী ময়াই কারবা হুই ওইখি!
ওঃ ঐহাক মিহুন অমত্তুংনি কান্নদবা
অশিবা শরা-শয়াঙ মূর্তিগী।

# ঙারী-ফুম্নায়

মণিগী মমা লুপ্রাবীনা
ঙসায় লৈকায়দা ফৌত্ত লঙউবদা
ফংজরকপদগী লেমহৌবা পৈশা তরা
মচা মণি কৈখেল চংলু থাখি ।

কৈখেল যণ লগাউ শান্নবা কাঙবুদা
পুলিস পার্টিনা তান্নবদা
ঈঃ নোংলৈ কৈদগীনো ফ্ঙ হৌরকই-
মণি তুরমই উপ্রাংশীংনা
ঙারী ফুম্নায় উফুল্লকতা তারমই !

মণিমাহ্ন বোরধান চাক
মনিল ম্না-কানা থিদোক্তুনা
মচা মণি ঙাইরকই ।
কপ্তুনা লাকই অঙাং
মথুউ ইখে খেগায়না ।
ঙারীদি ঈফুলদা তাহৌরে

কিনা তমজৈ মমাদা
কদায়দা ? কোক থূল্লকপদি কৈদৌই বূহু !
চামথোকঅগা চাম্নুঙায়দনা
ঙাঙদিরমই তথি তথি।

ঙহাক ৈলরগা
রাম বাবুগী হৌদোঙ মায়পাকপহু
কৈথেলগী গলী তম্লকই ।
উফুল্লকতা ঙারী — ফূম্মাম্ন
মনম শুৎতং নম্নুরগা
থৌশাদনা চৎখি পোল্লি পোল্লি—
মহাজনগী চাকশঙদা মাখোন বেরাগী মপৈ মপৈ ।

## মীরেলশঙ

মীৎতাঙবা অমা—
মথূৎ নাম্ম য়াওদে মখোঙ অনীমক য়াওদে
মনীংগোঙনা শীৎ-শীৎতুনা চৎলি ;
পৈশা নিবনি চান্দবসি য়াদে শিরুম্ববস্থ।

তুমীৎনা য়াক্লা মশোং কাপ্পকই !
কারখানাগী মখোল সহরগী হরা ইঞ্জিনগী মখোল
মী-ইঞ্জিনগী মীখোল ;
মীৎতাঙবগী শরাগী মুরবা পাম্বোম
অত্তুগা
ঈ-থাংদবা শেল্লবা খোনকমদা হরে রাম ;
অমুক্তবু লাউদে অত্তবু কৌতাহ্নদা শেলগী ক্রোক।

ইস্ফালগী মীরেলশঙদা
ঙরাং লুট্টা হাৎলম্বা লৌমী অমগী হকচাঙ
পোষ্ট মোর্টেম তৌরি ;
মতমসিগী মীদি অহিংবা থম্মোয় খঙবা পাম

( অশিবদা পরিক্ষা নত্তনা ; )
উকংগী ছাচাঁদা হৈহুনা শারগা চাউরকপনি ।

ঙসি হয়েংসিদা অমুক্তি লাউগনি কৌতাহুদা ক্রোক
থানাগী বাবুনা তদন্তগী লীচৈনা কোক ;
মরমদি
মীৎতাঙবগী থন্নায় অপুম্বা হুংশিৎতা তিনখিবগী
সহরগী হয়িংশিংনা 'গ্রান্দ ফিষ্ট' তৌনবগী ।
মতমহুদা অমুকস্তু লেনগনি
হিংনা লেনগ্রবা মীৎতাঙবগী হকচাংস্তু মীরেলশঙ্গুদা ।

# চারাম্নরবা কৈথেল-হুই

১

অথেঙবা অহিঙ অহিঙদা মখোল অমা তায় ;
গান্ধী এভেনিউগী গান্ধীগী নুংগী মূর্তি
ঈরা চেল্লি মীৎলুদা ।

মখোয়দি তাদে । তারবসু তাদে ।

২

রামনারায়ন থবক্তগী হল্লকই
তেকথরবা লেংবান মুশিল্লবা মায়থোংনি ।
"সে সিনা শীন্নরো
উপাই লৈতে ঙসি তরেৎ নিপান্নিসি
দাউ সুকয়া হেক য়াদবনি ।"
মাগী নুপীনা হৈনীংদনা
লৌশিল্ল লুপা অনীত্থু ।
মচা অপীকপা মঙানা
উফুল থাংবা বোড়াদা ওন খোইনা তুম্লি

কালেনগী নূংদাংগী কাওলক্লুদা।

অথেওবা অহিঙ অহিঙদা মখোল অমা তায় ;
রামনারায়ন্না
খূংকাপ্পী তেক তেক কাপ্পি
হকাম ফূইনা চল্লহুনা।

৩
মঙ্গিলাল মহাজন্না য়াথঙ থারকই
মীনায়না হায়রৈ
"রামনরাই, মালিকনা তাকপিরকই
হুকানগী ফম্বাক মথাসি
য়েন লোইরনি য়েংলুরো নখোয় কদায়দনো
হন্দককীদি ভারাস্থু কোকপিরগে।"

৪
ধর্ম্মশালাগী মাংগোল কাচিন্দা
রামনারায়ন হকাম ফূইনা চল্লহুনা
য়েংলি অহিঙগী অতিয়া।
মায়গৈ লৈতে লম্বী উদে

নোংথী নোংমঙবা শূক শুরবা তাইবঙপান !
মাগী নূপীনে মচাশিংনে
বুলেটকী চৈনা য়ানা থাঙলি
চাদবনা তংলবা মপুক্তা ।

কদায়দগীনো হুই অমনা
লাক্ক লাক্ক থোংলৈ মফমদুদা
নোংয়ায় চবূক জোনবদা ।

অয়ুক ঙন্না
মীনা ফিঙৌ ফৌরে ।
গান্ধী এভেনিউগী গান্ধীগী নূংগী মূর্ত্তি
শেগাক কায়না কীন্থরম্লে !
রামনারায়ন কৌবা দেশৱালী অমনা
মাগী নূপীনে
মচা নূপা অহুমনে মচানূপী অনীনে
ছূরিনা থিন্দংতুনা হাংলগা
মশাবুনা ধর্ম্মশালাগী থৈরেলদা
থৌরী য়ান্দুনা শিজরম্লে ।

চহীনা ননথেক্লবী অহল অমদ্রি
পাখৎতুনা লোংনা হাইথখি।

৫

অথেঙবা অহিঙ অহিঙদা মথোল অমা তায়
খ্বাইরমবন্দগী গলী গলীদা
চারাম্নরবা কংত্রিক কংলক্বা হুই অমা
তেংখারমই শিথ শিথ।

# পূজারী

মৈদা ঙৌবা থাউদা
লূপচরবনি হীং ওইনা ঐ।
ওস্নোকপগী লাইবক্নি অহুবু
পূজারীনা থাদবিরক্নে, থোংনবা ঙা,
তান্থি ওন্না খাঙজরে
মৈহৌরবা পুন্সীগী মৈশাদা।
ইতোমতা ইরায়বক্তা হৌজিক্তি
শাউনীংলে শীংজঙনা য়ান্থৎচনীংলে।

# অশিব অহিঙ

পৃথিবী অসিবু উকুল ওলহল্লগে খল্লহ্না
নোংলৈ মুংশিংকী মপাম্বোম কোতি কোতিনা
নৈথেরকই প্রলয়দা !
নূংদূম নূংদূমমুক চাউরবা
নোংলীনা য়ৈথরকই বম বম !
অত্থু মচীফাও লেঙবিদে মখোয়দি
কৈস্থু চৈনা ফাওবিদে
পাপীগী মচাশিংসে কয়াদা উশীৎত্রিনো হায়দ্বুনা
অরঙবা মমীৎ শুক্তোকই ।
হিংনবগী দাবী
ইবোপিশকহে.য়গী অশাউবনা মৈরি থোক্লবা
খোল্ল.উ
ননথেক্কুনা থমথি মরোল মরোল
মখোয়গী নুংগী ঋাং চাউরবা দলাম্না
সভ্যতাগী কল্লবা মথবাক্কা !

ঋাম্বথরে হৌজিক্তি পৃথিবী

চৈনাখোল থাঙবা মমন্নুতুনা।
অহুবু পীরোয়নবা মীংম্নাদো তনীক্লবা
পীতং পাতংলবা চাকনিবা নীপামচা শঙ্গুদো
থিরি লম্বী লেপ্তুনা মখোয়দি
শূক শুনা মম্লবা মায়গৈ মাঙপ্রবা
নোংয়াই চবূক লোনবদা
সুপ্নগী চাক চখোম অমগী
সুপ্নগী চাক চখোম অমগী
সুপ্নগী চাক চখোম অমগী।

সভ্যতাগী অরঙবা দলানগী
মমল য়াম্লবা নুংগী লৈমায়দা
য়ৈশিন্দুনা লৈরিবা
লঙজা অমদি কৈগী খূজিম্মা শেগায়তুনা
শীন্থহনখিন্না ঈখেংগী ঈচেল
(চাক চখোম অমত্তংগী জিবশিংগী মথবাক্তগী)
কুপশিন্দুনা থম্লি মরোল মরোল
লোইবা নাইত্রবা অহিঙসিগী ফিজঙনা।

# অস্নুম্না ইরম্মী

ঐগী মরূপ কবি অমা মাগী দাইরীদা
অস্নুম্না ইরম্মী—
নোংমা কোংবা কৈথেলগী অমনবা থোং মচাগী
ফৈরেলদা
থৌরী য়ান্দুনা শিরমগনি
য়াঙ্গঙবা কবি নহা অমা !

নোংপোক্তা থোকপা 'থাজ' হুদি
লুংঙাইনা তূমগনি তু-তলাগী ফম্মুঙদা
নোংচুপকী 'থৱান' অমদি
অৱাবগী পি শীন্থগনি
মঙদা ফাওবা ইংগিৎতা।

নোংঙাল্লগা
মীনা ফীঙৌ ফৌরনি উবদা লোইনা ঙক্লগনি
ইথঙ থঙনৈ মাবু !

কোংবা তুরেলগী অনৈবা থেল্লবা ঈশিংদা
লূপকনি খোঙ লূপফেৎ লূপক্ষেৎ
শাংলবা থৌরীশু হাইরপ হাইরপ লেঙগনি
লিরি লিরিবা নুংশীৎতা ।
শেমজিন্দ্রবা ফিজোল উবদা উইশিনগনি অয়েংবগী
মীৎ চেজেৎ ।

শিগদবদি
শকহেনবী থাজত্তগীনি ।
মুশিবী থরান্নদি
কপহৌগনি
পিগী শাংলবা তুরেল শাংলবা তুরেল
লোইনায়দ্রবা ।
( য়াঙ্গঙবা কবিনদি থৌশাবিদবনি মহাকপুদি । )

নোংমা থৌরী য়ান্দুনা শিরমগনি য়াঙ্গঙবা
কবি নহা অমা
পোমশাংনবী তথেল্লে অমগীদমক !
( য়াঙ্গঙবা ঙাওরবা কবিত্থ ঐমক্কি ।)

ঈচিক হুল্লবা অহিঙ নোংয়াইদা
হাঙলবা শোরারেলদা উরন্মী
মশেল মরাং
নাইতোম তারবা
কাথেক্লনা মায়থোঙ অমখক
ঐগী মরূপ ঙাওরবা কবিদো মহাক্নি ।

# ঐগী থবায়গী ঈশৈ

১

ঐহাক অনাবনি।
ঐগী কংলবা পাম্বোম
শূপচিল্লবা থবাক অমদি কূৎলবা মীৎ;
শোল্লবা মিহুন অমত্তং পুরহুনা থম্মোয়দা
মালেমগী লম্বেলসিদা মানা খোঙশাল্লি
ঐগী মারী
পুনীংদ পুনীংদ পুরহুনা।

কোকথক্তা পুরিবা আকাশ
শাবনা চাকথেক্লবা কোয়ৌগী মৈশা
থমুংদা ফুম্লি
মৈগী চীং অমা পুরি
পোকথায়নীং পোকথায়নীং মানা থাঙলি

ঐহাক অনাবনি।
ঐগী পুন্সীগী তেংথা-নাওই ঈশৈদি

ঙংহৌরবনি লংলা লংলাদা
ঐগী মোৎলবা মল্লবা কাঙখলগী
শেগায়রবা কান্থগী
ঙংহৌরবনি লংলা লংলাদা।

২

নোংমা
থেঙলবা ঈচীক হুল্লবা অহীঙ অমদা
ঐগী মমবা কাখূসিদা
ঙাল্লমইনে মীৎকুপ অদো
মুশিবা পোদোনগী মৈরা অমত্তং।
মীৎকূপতুদা য়োরুই।
কাখৎচরে তু·তলাগী সিরি
রানা পৎথ পুমথরবা হকচাংসে
শোরো শোরো চিংনা।
হাংদোকচরে নিংঙোল কাগী থোঙ।
করিনো!
তাইবঙপানগী করম্বা শক্তমনো?
মঙলা তাইবঙলা? করম্বা মায়াগী মশক্নো?

ত্ন্যব লাইটকী নৈঙালদা
অশংবা কাঙথলগী মরুনদা
তুমথুন তাল্লমইনে
শন্দলাংনা মায়খোঙ তংখায় কূপশিল্লা ।
ঐনা হৌদোক্লুই—
তারিত্রা প্রতিমা ?
নিংঙোলগী নকাদা পাখং ঐহাক লাক্লিরে
হু ঁ হৌদাক্লুরম্ব ঐগী থম্মোয়
শোরারেলগী নৈবাক্তা
থরান্না ভানবা নৈকোন্দা
হুংশি মাদি নঙলান্দা কোকিল পাইরিনি
হৌদোক্লুরম্ব ঐগী থম্মোয় ।

পাজনা ইঙনা থোক্লমই
নোংচুপকী অতিয়াদা
কোংবা তুরেল ভোর্ব্বালদা ।
য়াঙ্গঙবী তুনেলগী ইপোমদা
নমিনা নীক নীক তারমই ।

৩

নোংমনা

নঙ্গ্যাদা অমম অঙাল শিন্নদদা
ঐগী থরায়গী চেক্লাদো থাজদনা পাইরকখি
ঐগী মোৎলবা কাখূনিদা।
ঐনা নহানমথৈ থল্লুই
হে ঐগী কংলবা লাইবক !
পৃথিবীসিদা নহাক্তি নাইতোম তম্বা মীরান্নি।
হৌজিক্তি ঐগী করিস্‌ রাংত্রে !
থরায়গী মনেম্ন লেঙলক্রে !
অহুবু মীৎকূপ্পা
নীংলস্বগা ওন্ননা তনথীরবা য়াম্না ফোঙলকই—
নঙ ঐবু থঙক্রিব্রা ? ঐদি লাইরেম্নীনি।
নঙনা ঐবু ফংনীংলবদি
নশা পান্দুনা পাইরকউ
কৌক্র চীংদোলদ, ননাগী তাঙবলদা ঙান্থোইরনগে
নঙদি অনাবা পুন্নদা পুন্নীনি
নঙগী ঐগী মরীবু
ওইথোকপা হৌনব্রা ? ওইথোকপা হৌনব্রা ?

নহানমথৈ য়েংলকপনি তাইবঙগী লীলা
লৈজবা বুদ্ধিগী মীৎকপ্পা।

শাগৎলকই অরা ময়ুংঙাই কয়া
অচুম চুমদগী লান্দা
পুন্সী কয়াগী মূর্ত্তি কয়া
অচুম চুমদবগী য়ূমফমদা।
অদুবু মীৎকপ থোক্লকপদা ফংই পূমহাঙ হাঙনা
ওহো: অসিদি অঙৌবা পর্দাদা
মচুগী লীলা শান্নরম্বনিনা !

তাইবঙপানদি করিস্ন লৈত্রে।
খাদগী য়াংদা চিংথেক্লকই
মালেম কাঙক্রম অচৌবা।
নোংপোক্কগী নোংচুপ্পা চিংথেক্লকই
মালেম কাঙক্রম অচৌবা !
চীং পাৎ উ রা
লোইনা শেং শেৎ চিংখায়রে
তাইবঙপানদি করিস্ন লৈত্রে

৪

হৌজিক
হৌজিক্কা ঐগী অরোয়বা মীৎকুপ্পি।

কংলবা লাইবক্তা পুরকপা মুৎ অমগী চেঙজেন
লোইথ্রে। থরায়গী ঈশৈ
শৈরোই তাল্লকলে।
কনানো ইমা! ঐগী ইমা নত্রা?
হিমালয়গী লৈবাক্তগী উনগী খূৎ মত্তা
পুবিরকউবা
অতুগা মৈরিথোক্লবা লাইবকসে অমুক্তা নান্থবিয়ু
অমুক্তা নান্থবিয়ু।

মোংফমগী মৈখুগী মম্ল-মরবা
চীংমুক চাউরবা মপুক্তগী
লঙজা মকুগী দোলাই তোংলদুনা
অশি লাইরেম্বীনা
ঐবু ওকপা লাক্লেসে।
পৎথ পুমথরবা
শন্না মত্তা হৌদবা শক্ল পোলাংগী কোক্তা
ফি শেৎতবা কোক্লবা হকচাংগী হুজা অমা
অশি লাইরেম্বীসে ঐগা কয়াদা মান্নরবা!

হায়রকই— লাকও চান্নবা

মনাইনুংগী শংদোঙসিদা কাখৎলকও।
ঐহাক ঙকপনা ইশাসি থিফম থঙদ্রে
কিবনা নীকষ্ট পাখৎপনা শিদোই!
লাউই অমুক্তং লৈঙবা খোজেংলদা
কনানো? নঙবু ঐগী কন'নো?
ঐদি মীরাম্নি। নাইতোম চংপা খোঙমীনি।
নঙবু ঐগী কনানো?
নত্তে নত্তে; নঙদি ঐগী ইবুংঙোনি।
নঙনা ঐগী নিংথৌরেলনি ঐনা লৈমরেলনি
থম্মোং শরা লৈবাক্তা সনাগী ভাঙলথক্তা
নঙনা য়েংতা
ঐনা ওয়দা ভাম্থোইগদবনি।
অসি হায়না ঐগী মবেম্মনা কংলবা চীনবাম্না
মোনোন নোক্লুনা
শক্লগী পাম্বোম অনীনা
ঐবু হুংশিনা কোনখৎপি।

লমনাইদবা মালংদা ইবানী
অশিথোন্দা পাইরমই।

অসিরা পুন্সী হায়বদু
অসিরা পুন্সী হায়বদু
ঐনা তোয়না হংলমই
ঐগী লোয়নবাগী নাপ্পদা।

# লমশি

ইংঙুগে লাকপনি
শি-নবা থুংলরে
হৌজিক্তি পান্নকলে শিদ শিবা
খম্নুং শরাগী থোঙচৎ ।
পুন্সী হায়বসি অরেম্বনি
ওইদবদা শৌগৎখিবা শন্থীয়েল মপৈনি ।
ঐদি কনাবুসু য়েংনীংদে
কনামত্তসু হুংশিদ্রে
মীদি মীসু নৎত্রবদা !
মতৈ-মনাও মপা-মচা
মরূপ-মপাঙ
ফজনবা থোনজিনবা মিংনি লৈতেংগী
নৎত্রবদবু করিগী
অশেপ্পা মীৎয়েং য়েংনগনি
মথোয় মশেল মত্তদা ।
মরকসিদা ঐসু চঙলুরেকো
ও: ঐগী হান্নবা থরায়

নঙস্থ ভুৎ চুথ্রেকো !
হা ঈশ্বর
নঙবু লৈদ লৈব্রা ?
হয়েংমুক মপোক লৈরবদি
নূং ওইনা পোকচগেকো ঐহাক
লমশি ওইনা হিংগদৌ শরাক ।
ঙসিদি ইথোক্লবনি
থম্মোয়গী পুঙমত্রবা হ্রারোলসে
শিদ শিবা পাম্লবনি ঐ ।

# অনৌবা থুংলবা জিব

সমুদ্র তরেংকী জ্বান থোমজিল্লগা
থরায় পানবা পূম্নমকক্কী
নশানা নিংথৌ শেমজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি কমদৌরে খোরী য়ান্দুনা শিজ্জরেদো !

ফজবা ফজবা ওঃ মমীৎ তাঙখ্রে উবা ঙমদ্রে
হুংশিবা অচুম্বা
চাকথেকখ্রে শরু ময়ামগী মৈরিদা
ময়াই কাবগী লানফমদা।
পূম্নমক কৈস্নু য়াওদ্রবা
কৈস্নু য়াওদ্রবা মপূক হোত্রোং হোরবা হান্নবা।

মীওইবা— লৈত্রে মিংসে তাইবঙসিদা
শিখ্রে মথরায় মখোয়গী।
উরিবসিদি কনানো অতুদি ?

শাদগীস্থ হেন্না শাথীবা জিবনি
হন্দকতা নৌনা থুংলবা।
মখোয়গী মমিং থোল্লকতে।

---

